# "য়ুমলাই খুরুম্বা"




পুথোকপা :

**LEIHOU NUNGHOU SHANGLAND**
**Imphal**

খোমজিনববা :

১। নিংথৌজম মনিহার
কোংপান খাইদেম লৈকাই

২। নিংথৌজম ইরাবোৎ
চাংমৈরোং মনিং লৈকাই

# বাহৌদোক

অসিদি ফংঙমদ্রবা মপোক্ক হাইনবস্থ লেত্তবা শাঙে [illegible] ওইবনা ঙসি ফাওবা মীওইবা অমগী থবাই হাপ্পা ঙমদে হায়বসি মীপুম খুদিংনা খংনদবস্থ নত্তে। মীওইবা হায়বা মপোক অসি মুমিং ৭ গী মনুংদা পোকই চায়োন অতুগী মনুংদা অহুমক শিখিবা ঙাক্তনি, মীওইবনা লাইগা য়াম্না নক্না লৈ হায়বসি মীয়ামা য়াম্নবা খাকম নত্তবা নত্তে। মীওইবগী হকচাং কয়াৎলোন, থোংলোন ৯, শিংলি ১০৮ কয়াৎ কয়া লৈরি মালেম অসিদা চিঙ্গাক কয়াগী মপান তাংহনা হিংলি। মীওইবনা লৈননবা য়ুমগী ইংখোল চিথেক ও য়ুমশারোন ৯ কয়ালোন ১৮ হায়নস্থ লৈনরি। কয়াৎলোন অসিদা মীওইবনা হিংনরি। কয়াৎলোন অসিগী মনুংদা লাইগী য়ুমফম য়াওদবা নত্তে, লৈ হায়বসি মীওইবনা থাজনদবস্থ নত্তে। মীওইবনা হিংনরি থাজবগী মখাদা থাজববু লৈরমদ্রবদি চাওখৎ-পস্থ লৈরোই হায়বসি খুদিংমকনা য়ানদবা খাকম নত্তে। লাইগী লাইরম তিনগী তিল্লম, তিখোং লাইখোং, লাইথুং তিনথুং তিনয়েৎ লাইরেৎ, লাইনা, লাইওং, লাইথেক লাইওং অমস্থং মীওইবগী হকচাংদা স্থং অমস্থং পানগী মরি লৈনবনা মীওইবনা মালেম অসিদা লৈনরি। লাইবানা মীওইবগী সোরনি, তীলয়া হকচাংনি থোরননা বাখলনি, হাইনস্থ লৌনদবা নত্তে।






# PANDIT ACHOUBA

ময়াংলম্বম চন্দ্রসিং পাবুংনা *Leihou Nunghou Shangland* বু পুবীহনা *Shangland* গী হৌনবী থৌরম থৌদা লৈপাক্কী ওইবা কয়াবু পাংথোকচহনা লাক্লি। পাবুংগী অয়াবগী মতুংইন্না লাইরিকশিংবু *Shangland* না পুথোকচরি মখা তানা অথুবা মতমদা লাইরিক অনি অমস্তু ফোংজরগনি। শাগৈ শালাই অপোকলোন অমস্তুং লম্বিংলোন পাপন হাইবা লাইরিক অসিস্তু পাবুংগী অয়াবা থৌদাং লৌজহনা ফোংদোকচনবা হোৎনজরি।

M.U. LIBRARY
Data Entered
BY .................................

*Leihou Nunghou Shangland*
*I m p h a l.*

# হিরম লামাই

১। ● <u>কোৎলাই থুরুম্বা</u> : পোইন্ন থান্নংলেন ৱাকচিং লৌসি লৌলোই থা লৌশিং লোইরবা তুংওইননা কোৎকী কোৎথোং লোনগ্রবা লাইরেম্বী লাইরেম্বা অনিনা ফৌগে মুংদা লৈবা মত্তমলেন অত্থুগী মুমিৎ অমসুং থবান তৎনদবা মুমিৎপু য়েংবীরগা থান্নংত্থুগী থানিল মমাং চং তাবা মুমিত্তা কোৎলাই থুরুম্বা তাফবা ফল ওইএ।

● <u>থৌরম লোনদি</u> : চংবী লাতোন ৭, লারাক থরা হৈনাইবা ৩, লৈচু ৭, লৈথন ৯ নি, অঙৌবা লৈগী লিক্লাং ২, চারৈ ফিদা অঙৌবা ১, লৈন্নংগী পোৎলম ৫, উহৈ ৭, অথেনপোৎ ২ গী মনা-মশিং থরা, মীতৈ থুম্পাক ৩, ফৌ উতোং ৭, ঙারম ৭, শারেং ঙৌরুনবা ১, ঙাঙৌ ৩, হৈকন লাকন থরা, খোইজু লৈখাম, উচান মৈরা ১৮ সেঞ্জোই ৩ য়াওনা কোৎমাংদা মাইওন নোংপোক ওন্না থৌনিজ্জগনিএ।

● <u>লাইত্তাইস্বানদি</u> : হৈথা লাকথা লোইরবা মতুংদা অকোক-লোনা কোকনিএ, লাইগী ৱাদি নোংনা স্না নামিরোন, য়াংবী ইহুন তৱাং-লেন মালেম শিলোই ময়াইরেন শিনাই মপুং লাইপুরেন, ইরিক সিন্না মত্তাইবী, হিখোমলেনবী য়াইত্তাইবী কৈরুংলেম্বা কৈরুংলেম্বী হিনা তাইনা মত্তাইবীয়ু অখোমলেন্না মখোমবীয়ু, হিরি কোন্না মরৈবীয়ু।

( মীংথৈ অসি হাইজনা থুরুমজ্জগনিএ )

২। ● <u>শাগৈ শালাই অপোকলোন থুরুম্বা</u> : য়েক ৭ শালাই ৯ গী নাগী নাগী থাশিং কুমশিং মুমিৎ থাবান য়েংত্থনা শাগৈ শালাইশিং পুন্দূনা খেখাই পাংগনিএ, পুন্সি মুংশাংবা নিজ্জবা, য়াইফবা মুংঙাই থৌনিরোন থুরুমজবা, পুরোন ৩, পুরোন ৫, পুরোন ৭ পু শাগৈ শালাইনা চাক-থাংজত্থনা পাংজ্জবা থৌথাইবু অপোকলোন থুরুম্বা হাইনা নাগী নাগী য়েক শালাইনা পাংথোকনৈএ।

● <u>থৌরম লোনদি</u> : পুরোন ৩ গী চরৈ ফীদা অঙৌবা ৩, কবরং লমলম ৭, লিকলাং অঙৌবা ৩, থাকন অঙৌবা ১, লৈচু ৩, পুকন্নুং থারো ৩, অথেনপোৎ ৩ গী মনা-মশিং, ফৌদাং থরা, মীতৈ থুম্পাক ৩,

হৈ মরম ৯, হৈ মরম ৭, কা মরু মনা ৮/৯ উচান মৈরা ১০৮, খোইজু লৈখাম, লিকোন ১ লৈসংলেন, ইবুংঙো ইবেম্মাগী চরৈ ফি য়াওগনিএ মাগী মাগী শালাইগী শারেং ১, ভারম ৭ শালাইগী শিং, লা, লৈ, ঈশিং, মৈথাং, থাং হৈ য়াওনা শালাই মাংচোক ফামেন য়েংহনা থাবীগনিএ, চিনাইবা চাফু ২ য়াওগনি।

● লাইতাইরোনদি : অকোকলোনা কোকলবা মতুংদা অসুম্বা শালাই পোকলেন য়াঙ্গোই অথোইরেম্বাও, শালাই মাঙ্গেক ফামেনলোনা ইকোক নোলনা থৌনিজেএ, চারোন সুথাং নামিরেনবাবু নোংদম ইরুন মতমবীও, শালাই মপুংলেন ওইনাবু নোংদম ইরিক মতমবীয়ু, থোকাং মমিরেনববু পোকলেম্বনা মউবীও, চাকথাং শুথাং নাইববু সুরোন চারোন তম্বীয়ু, কুমজা ইরিক নোংহৈদা পোক্লেন থোগন ফংলেনবাবু নোংদমবীয়ু।
( অসি হাইহনা থৌনিজগনিএ )

২। ● ফুংগা অপোকপা থুরুম্বা : ফুংগা লাইরু অপোকপা থুরুমজবদি ইমুং অহুগী অয়েৎ অপন লৈতনবা, য়াইফা ন্নুংঙাইকোন থৌনি থৌখাই-রোন, পাল্লী পুব্রী পুথাং খংবাবু লাইরু অপোকপা থুরুম্বা থৌনি থৌখা-রোননি হাইনা মথংনৈএ, পুরোন পারোন পীরোন মৈ, ঈশিং, ম্রশিৎ অহুম্মকপু থৌনিজবাবু ফুংগা অপোকপা থুরুম্বা লাইরুনা মতাইনৈ, লুবদগী লুবা মুংলোন পুনা লাইদি ফুংগা অপোকলোননি, লাইশক খহনা পুক্রিং চংনা, লাইফম মাইওন খংনা থৌনি থোকাংলবদি ফুংগা অপোকপাগী থৌনিনা য়াইফা থোকাংঙে :

● থৌরমলোনদি : চংনী লাতোন ১১, চরৈ অঙোবা ৩, ফনেক মচা ১, ইনফী মচা ১, লিক্লাং অঙোবা ১ সনাকোনয়াই, লুপা কোনয়াই, লারাক লাচেৎ হৈনাইবা ৫, উইহেরোন ৭, হৈরমলোন ৯, লৈ অশাৎপা ৭, লফোই চংথোকপা ৩, সিতাবা ২, অথেন পোৎলম ২গী মনা মশিং খরা, পানাও, সিংনাও থুমখোং থুমপাক ৪, ফৌদাং উতোং ৫, সেনখাই সেঙ্গোই ২ হাপকনিএ মৈরা ১৮ য়াওনা থৌনিজগনি।

● লাইতাইরোনদি : অশেংলোনা শেংলবা মতুংদা অসুম্না থৌ-কাংজনিএ, পুরোন, পারোন পীরোন অহুম্মকপু ইকোক নোলনা মতাইজে, মুংলোন য়াইবু মতাইবী কোরৌ খেৎনা মবাংবী হিথুং য়াইথুং পোকলেনবী, পুরোন অহুম মওইরেন, মপু ওইবা লাইরুরেন, ঙসি কোরৌ নোংহৈরোন সুথাং চাথং ওইবনা হৈরাং মপুং ফানবা, লৈরাং লৈশাং তম্বনা লাইরুগীদি মুংলোন য়াই হিথুংলেনবী ৭ না য়াইকু নোংদমবীয়ুনা, নসু সুথাং ওইবনা কোকনোলজেএ লাইরুরেন ও ।

( অসুম হাইহনা খুরুমজগনিএ )

৪ । ● ইংখোলগী য়ুমলাইথোকপা খুরুম্বা : ইংখোলগী কারন য়েংহনা য়ুমশারোন ৯ য়াৎপদা ইংখোল অহুদা য়ুমলাইথোক তারবদি, য়ুমলাই-থোক তারিবা কারন অহুগী ময়াই লৌহনা, য়ুমলাইথোক কারন পুবা লাই অহুগী চাকথা তমহনা য়ুম অহুগী মখাদা লৈবা তুরেলগী ইরোং ও ফাংবদা য়ুমলাইথোক লাই অহু পুখোক্লুনা কোরৌ নোংগারোনা লাই অহুদা হাইজহনা হৌনবী থৌরম থৌদা পাংগনি । মসি তৌজরবদি ইংখোল য়ুমলাইথোকপা য়ুমফমদা য়ুম শাবদা অকাইবা লৈতেএ ।

● থৌরমলোনদি : ইংখোলগী য়ুমলাইথোকপা মপাদগী লৈপাক লৌহনা লৈপাক মরুম ৯ অমগা ৭ অমগা তাহনা হৈরম ৭, লৈরম ৭, কবোক খোইহুম ৭, পনাও ৭, শিংনাও ৭, সেঙ্গোই ৭, উচান মৈরা ৭, খোইজলৈখাম লেংদগী চেং মুট ৭ লশিং মপোপ, লাইফাদিবী ১, হৈরুক ১, পান্না ১ য়াওনা লাতোন অমগী মথক্তা হাপলগা লাইতাইনগনিএ ।

● লাইতাইরোনদি : অকোকলোনা কোক্লবা মতুংদা অসুম্না হাইজগনি, ইংখোল চাইগোই নামিরেন মুংলোন খিকলোই য়াইবা য়াইবী অনিবু ইমুং কম্বাললেনবনা মতাইএ, নহাল স্না তপোপীনা মকৌএ য়াইবীরেনগী থৌখাইরেন, হোইরেনডন্না মতাইজে, কোকলেনবনা মকোকজে, শেললৈয়াংবনা মশেংজে, মবা থৌবনা মতাইরে, ইহন সনা মতমবীও মুংলোন থম্বাললোনগী য়াথংনে ।

( অসুম হাইজহনা খুরুমজগনিএ )

৫। ● অবাং লাইরম থৈবদা খুরুম্বা : য়ুমশারোনা তমগ্রবা মতুংদা য়ুমগী অবাং থংবা য়ুম্ফম সোকতুনা লাইরম থোকতুনা, ইমুংগী য়ুমশারোন ৯ গী মনুংদা চন্নবদি লাইরম অদু থৈদোকতনা য়ুমশা তমগ্রবদি ইমুং অদুদা, অবা অনা, অনা অরেক অরেৎ অকাই নংএ, য়ুমদুদা মী লৈবদা পুম্সিদেএ, ইমুং অদুগী মাংচোক অমসুং ফামেনদা তাইনৈএ, লাইরম অদুবু তিনসেং লাইসেংলবদি য়ুম শাদুনা মী লৈবদা অরেৎ অকাইবা লৈতেএ, পুক্নি তোলোইবা ওইএ।

● থোরমলোনদি : চাক্ ১, অবাং লাইরমগী লৈপাক্না চুই অমা শাদুনা চাক্নগী মনুংদা হাপ্লীগনি, অদুগা চাবান চাকী চাতুম ১, শারম ৭, ভারম ৭, ফী মচু মচেৎ ৭, লৈচু ৭, হৈরুক ১, পাম্না ১, লাতোন অমগী মথক্তা হাপলগা কবোক খোইতুম ৩ লংলা ৭ না চইগং শেমগনি, সেল্লা ১, পুন্নমক চাফুগী মনুংদা হাপকনিএ, অদুগা খুরুম্জেএ, মাইওম্না পোংপোক ওনগনি, য়ুমবুনা অবাং।

● লাইতাইরোনদি : অকোকলোম্না বোক্না মতুংদা অতুমনা খুরুমজগনিএ, য়ুমলাই খারোং নোংদমলেম্বা, অবাং মিংলেন য়াইওইবা লিরিকখোইনা মতাইবাও, নশা লমলেন য়াইকুবা নহুম পোলোই মতাইগৈ, নপন পপৌ বাহিবনা মতাইখোংদা কোকতাইরে, অবাং হিরেন পুংওইবাবু স্না নামি মথৈএ, চীংলেন বাংনা মতাইএ, কম্বাল বাক্নিরেম্না অবাং খারোং নোংদমখোগাবু মতাইরেনা মকোকএ।

( অসুম মতাইনা কোকফৈএ )

৬। ● য়ুমগী খা লাইরম থৈবদা খুরুম্বা : য়ুমশারোন ৯ গী মনুংদা, ইংখোলগী কারনগী লাইরম খা থংবদা য়ুমগী য়ুমজ সোকতুনা অথৈরোন লাইসোন তিনসোন ভৌতুনা হৌনবী লাইরম অদুদা লৈরিবা লাই অদুবু তাইনতুনা থোরাংজবাবু খাগী লাইরম থৈবা হাইনা মথংনৈএ, অসুমলেন লাইরম থোকাংবনা ইমুংগী ইংখোলগী অরেৎ অকাই ধশা লাংকম লাকদবা পুন্নমক্তগী ভাকথোকচবা ভস্মে হাইনা মাইবরোন পুয়ানা মতাকলিএ।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : চংবী লাত্তোন ১, ম্লা খোংনাং মনা ৭, য়ুবী মগুং ১, পৈশা কোরৌগী শেল ময়েক ১, লুপাগী চানদি ১, লাইরমচুগী লৈপাকনা তেংকোৎ মচা ১ শাগনি, ঘী খরা হাপ্লীগনিএ, চেং মরু ৭, শঙ্গোম অনৌবা খরা হাপ্পকনিত্র, লৈ অঙৌবা ৭, য়াম্লা শাবা মন অমা য়াওগনিএ, উচান খোইজু লৈখাম কবোক অফাবা খরা য়াওগনিএ। (লাই খুরুম্বা লোইরগা তুরেলদা থাদথিগনিএ)।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : অসেংলোনা সেংলবা মতুংদা খা লৈমুং খোংলেম্বাও তাকিদো য়াবাখোল, নোংগী য়াবা কাওফরোই তিনখোং সেৎলোই রাংবনা, পোংগী মুংলোন মতাইডৈ, য়াংঙ্‌ থৌরম মপাঙৈ, নহান ইরোন হোলাংডম খা লৈমুং খারোরেম্বাও, ফম্বালোনগী য়াথংএ।

( অসুম লাইবা অসি হাইজত্তুনা নিজগনিএ )

৭। ● <u>য়ুম নোংপোক লাইরম থৈবগী থৌরম</u> : য়ুমগী অমসুং ইংখোলগী নোংপোক্লোমদা লাইগী লাইরম থোক্লবদি, য়ুমগী য়ুমবুরেম্বদা মতাইনৈএ মীচু মশা সোল্লে, নোংপোক বাংলোইবা লাইবু থৌনি থৌখাই তৌজত্তুনা নোংপোক লাইরমবু তিন্থৈ লাইথৈজরবনি, ইমুংগী মশা মশু ইংখোল অচুদা লৈজবদা মমিং মথা চৎপা, অথোই অহেন ওইবা য়ুম্ফম ইংখোল মওইএ (পুয়ানা মপিরিএ)

● <u>থৌরমলোনদি</u> : নোংপোক চংবী লারাক লাত্তোন ১, হৈবী হৈনাই তিনখং, লাইমু লাইশা খরা, ফীরান অঙৌবা ১, হৈরমলোন ৩, সেঞ্জা ১, লৈ অঙৌবা ৩, য়াইঙং মনাও ১, লশিং মপোপ ১, লাইফাদিবী ১, হৈ মরমদি ৩, ভামু লমকং ১, চেংবী মুথাং ১, হৈরি কিহোম মনা ৭, হৈনিং মশা ১, থৈবোং মনা ৩, উচান খোইজু খরা অসিনা পোৎলম ওইএ, ( লাই খুরুম্বা লোইরগা তুরেলদা )।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : অকোকলোনা কোরুবা মতুংদা অসুম্লা হাই-জগনিএ, নোংপোক্লেনবা অয়াংবা মুংলোন ভানবা মওইরেন, থৌদারেনবু

মপাংডৈ, মালেম তাইনা ইহৌডৈ, য়াংবী খোইদোংলেনবনা মতাইডে হোয়ালেনে, ইছন তাইবী মতাইবী, হোয়া মুংপুং মাকাংবীয় থৌকাং লাংহৈ মওইবীও, লাইতাই নমু চাথাংবনা ইকোক নোম্না মতাইজে, নোংপোক মুংলোন ভানবনা হোয়াবীয়, কম্বাল্লোনগী য়াথংএ।

( অসুমনা হাইজজুনা খুরুমজগনিএ )

৮। ● ইমুং <u>লিন চংবা থৌনিরোন</u> : ইমুংদা লিন চংবা হাইবসি থোক্কদবা নত্তে। অদুবু লিন হাইবা জিবা অসি মহু পুবা অমা ওইবনা মীওইবনা অকিবা হঙ্গোইবা পোক্কবা নত্তে, অদুগা লিনসু মী উরগা অকিবা লৈতবসু নত্তে, করিগীদমক ইমুংদা লিন চংলিবা, করি কান্নবা, করি মাংজবা হাইবদুদি ইমুংদা চংলক্লিবা লিন অদুগী লৈরম্লিবা মাইওন অমসুং নফম অদুনা তাকই, মাইওন্না নোংপোক নত্রগা অবাং ওন্দুনা লৈরম্লবদি অফবা ফল ওইনা লৌনৈ খা অমসুং মনিং ওনবা মাইওনদি অয়েংবা লৈএ হাইনা লৌনরি।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : লিন্না অথুবা মতম্দা ভুহাক পল্লমগা চংখিবা তারবদি অমসুং মুমিং ৩-৫ নি পন্দূনা লৈরবসু খংপ্রবসু মুমিং ৭ নিগী মতুংদা মথাগী থৌরমলোন অসি পাংথোকপিগনিএ, য়ুমগী যাত্রা মথাংদা চিংশিন্দুনা থৌরমলোনগী হৈথা লৈথা অদু থাগনিএ, লৈ মচু ৭, হৈ মরম ৩, শঙ্গোম অনৌবা খরা, চংবী লাতোন ১, চেংবী খুজোক ৩, ঘী খরা, নৈরা ৭, ধুপ, য়ামনা পাপন য়েকত্নুনা খুরুমজগনিএ।

● <u>লাইরোনদি</u> : অসেংলোনা শেংলবা মতুংদা অসুম্না হাইজগনিএ তাংজা মা স্থপানবা, লৈরিক য়ারেন তুবীরেন, মালেম মুংলো তাইরিবাও, শাওং মনি মীংলুরেন, অরাংলেন থোংদাই ৯ দা, নোংপোক থোংদাই ৭ পু য়ারেন খোইনা মতাইডৈ, তুবী তাংজহনবনা মৈরেন শাকোক চিন্দুনবা কোনথা নামি কোনথা নামি থেলোইরেনবনা হিকোনবীনা থৌকাংবীও, শালাই পোকলেম্মা য়াথংএ।

( মসি হাইদুনা খুরুমজগনিএ )

৯। ● ইমুং মোংবা চংবদা খুরুম্বা : লৈপাকনিংথৌ পাল্লিডে মতমদা কঁনা কনাগুম্বা মীওই প্রজাশিং মশাগী পেন্দবা অমসুং হুংঙাইতবা অমদগী মশা মদোম শিজবা অহূগী থবাই মীরেম্মা ওনবা মোংবা চেক্লা মচানি হাইনা হাইনদবসু নত্তে, করিগুম্বা মোংবা উচেক অসিনা করিগী মীওইবগী য়ুমদা চংলিবনো হাইনা হংলবদা, মোংবা চেক্লা খুমজখিএ, ইমুং অহূগী মোংবা ময়াং য়াইদা মোংবা ঐনা চংবদি অতৈ নত্তেএ, ইমুং ময়াং য়াইদা ফত্তবা থৌদোক অমা লৈগনি, অদ্রা অনা থোক্কনি হাইবসি মোংবা ঐগী খুদম ময়াং য়াই অহূদা তাকপনি হাইনা চেক্লা মোংবনা খুমজখিএ।

● খোৌরনলোন : কৈথেল চিথেক মরিগী ঢেগাই মচেৎ ৪, চাফু ১ লোকমাই ৭ কী কবোক, লাইফাদিবী ২ য়ামনা শাবা মোংবা উচেক ১, লাতেন ১, ধখিনা ১, চেং মুট ৩, য়ুমজি ৪ গী লৈপাক লৈন্নুংগী পোৎলম ৩, উহৈ ৫, লশিং মপোপ খরা, থাবী মরু ১৮, মাইরেন মরু ১৮, থোইদ্রিং অমুবা খরা, অঙৌবা খরা, ( খুদৈ অঙৌবা ১ না য়োমশিল্লগা য়ুময়াইদা খুরুমজগনিএ )।

● লাইহাইরোনদি : অকোকলোনা কোল্লবা মতুংদা অহুন্না খুরুমজগনিএ, উ ঁয় মীবু ফরংবা, য়াংবী মীরেন অহাংবা পোংথা মনি উরুংবা চিরিক লুইত্রক অপিখক মীরেন পোংনা লাংগুনবা, ফম্বাল য়াম্না খিকলোইনা মীন্নু মোংবা হিথোংফরোই, তুম্বা মুংপী হিকোনবনা ইপান শরুলোই মতাইদ্রিডৈ হল্লকফদে, মোংপাগু, য়াথংলেনগী লুংপীনি।

( মসি হাইত্নুনা খুরুমজগনি অহূগা তুরেলদা থাদগনিএ )

১০। ● ইমুংদা মকু চংবদা খুরুম্বা : চেক্লা মকু মোংবা নমুগী ময়াং য়াইদা চংলবদি অফবা খুদম লৌনবসু লৈ। অফবা খুদমনা শরুক তরাদা ২ দনি ৮ না অমাং অতা নাইবা ওইনা লৈনৈ, অফবা কয়া থোকপা অতাঙবা ওইএ, অনাংবদি, য়ুম মুংপা ইমুং ময়েং তাবা নিঙোল পীবা পুন্সি বাৎপা খুদম কয়া অসি খংনরকপদগী, মকুনা য়ুম চংলবদি অবা অনা তাই হাইবসি চেক্লাগী খুদন্না মপিএ।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : কাকলা ৩, উতং উতোং ৩, তেলম্বা ছুই ২ শাংঙৌ, লাইপেরুক পাম্বীরোই ৩, হৈক্রু৫ ৯, হৈনি যরা, অসিহৈবোং মনা ৩, তিংথৌমতোন ১০৮, লাইথি লৈপাক্লা মকু শাগনিএ, ঙাম্ব অহিংবা ১, হৈরুক ১, পানা ১, উখোংথাং উশা ১, কোরী মচেৎ ১, ছুই ৩ শাংবা থৌরি মচা ১, লৈমুংগী পোংলম ৯, লৈ মচু ৭, য়াঙনা খুরুমজগনিএ, খুরুম্বা লোইরগা তুরেলদা থাদবীগনিএ।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : তাংপী মকু উরিককোন মিসনা কোইয়াও নামিকোন, উমুম পোম্বী উথাওকোন, মালং হুমুবা য়াইরেনথোক, ককমুং চেক্লা পোনজেবীও, নংলেন তাইনা মতাইনা, ফম্বাল লিরিক অদোনা ম্বা থাংলেন য়াংবনা য়ারেন চিক্লা মতাইঙৌ, তৈনা বাখৈনরসি, পোম্বী খারাও মীতাবীও চেক্লা লাইথি মীতাবীনা খোম্থোক ইহন মতমঙৈদা ময়াকও, ফম্বাল লোনম্বী য়াথংএ।

( য়াৱা অসি হাইনা খুরুমজগনিএ )

১১। ● <u>কশা থোংখিঙলোন</u> : কশা লাই কদাইদগী হোৎরকই, কশাদি মীদগী পোকই। মীওইবদগী ওনবা মমি ওইবা মীরেনদি মংদম্বা ওইবদি মীওইবনা মমুং মতম চাদনা ঈশিংদা তাহুনা শিবা, উদা তাহুনা শিবা, কুইনা সোন্দুনা শিঙম নাঙমদনা শিখিবা, মখোং মরী পানবনা সোক-তুনা শিবা, থাংনা তেক্লা সোকতুনা শিবা, মঙাক্লহুনা লৈখিদবা অসিগুম্বা পেন্দবা থৌদোক্তা লৈখিদবা মীওইবগী মীরেন অহুনা অয়েংপা ওইনা লাইবু কশা কৌই।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : চিনাইবা চাক্ মচা ১৩, চেং মুট ১৩ না থোংবা চাক, হেঞ্জাং মথেল ১২, হৈবী মনা শিংজু থরা, পানা হৈরুক ১৩ লাইফাদিবী ৩, চরৈ অঙৌবা ৩, সেঞ্জোই ১৩, উচান মৈথাং ১৩, অনৌ অপেন, অথেনপোৎ ২ গী মনা মশিং, হৈচু, হৈনাইবী ৩, লৈচু ৯, ৭, হৈনিং হৈক্রু৫ হৈতুপ, ঙারম ৭, পুকমুংথারো, লাইফি ৩ লাকোই লাচেৎ ২৮, চংবী লাতোন ৭, মাইওন নোংপোক থৌখাই অরাং, য়ুথক মঙাং, খুমন ওইএ।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : অকোকলোনা কোক্লবা মতুংদা অস্থুম্না খুরুমজগনিএ, হা উং কশা পোকলেন থৌকাংবা থৌকাংবী নংবু কৌনা মকৌএ, ম্পনা ৪ মতাইডে য়াবা খোম্থোক মতমগে, নমু পোংথা য়াংবনা হেদো মারোনবদা কশা মঙম মপাংডৈ, মঙম পোংদোং পাংখিবা, লানহৈ পুংগী য়াইবীনা মপুং ফাহৈনদেদো স্লুংলোন পোকপা বাংথৌরেন, হনফৈদো নগাই, ক্ষাল্লেনগী য়াথংএ ।

( য়াবা অসি হাইজুনা খুরুমজগনিএ )

১২ । ● <u>গ্রাহা পুজারোন ( মীতা চবানলোন )</u> : তাইবং মীওইবগী হকচাংদা ভিনকং য়াংকংলবা সোলবা মতম অত্তুদা হকচাংগী কয়াৎলোন পুন্নমক শোম্থরকপগা লোইননা হকচাংস্থ শোম্থরকই । চাবা থকপা মতমদা পেন্দবা লাইচুএ শকচু কুচু মাংখি, হকচাংগী স্লুংলোন্দা পুরিবা শিংলি ১০৮ স্থ ময়েং তারকই । পাঙ্গল য়াওদবা, চাবা থকপা মচিং মসোন নাইবা, তোইনা অশাও পরেনবা, লোইনবা ইহুন তম্বা, মশাদা লাইথেকতি পিদবা, মীতারোন মমি থম্বাবু মীতা চবানলোন মমি পীএ হাইবা থংএ ।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : লাতোন নোংপোক ১, হৈ লুক ৫, হৈ নাইবা ১, লৈচু ৭, মৈরা ৫, সেঙ্গোই ৫, স্লুংলোন ঙারম ১, লেমলৈ ঙাপাং ৭, মৈবী মৈরা মৈহৌনা মথেন মকোই ময়াংবীএ, হৈথা লৈথা কোইতাম্না চুকলেন মরি মৈথানা হৈয়াং লাংজিন মওইগনিএ, চবান মীতা চংবনা নোংপোক মাইওন মওইএ, অবাং মাইথোং ওইবনা লাইতাইবগী মাইওম্নে ।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : অসেংলোনা সেংলবা মতুংদা অস্থুম্না খুরুমজগনি, থৌপুরেনবা মপুরেন ঙাকলোন ৪ পুবাবু বাংবনা ইকোক নোলনা মনোলজে, নহাল নোং য়াবারেন নামু পোংগী য়াইবারেন, স্নুংলেন পালোই তাইবাবু লাইথুং মথাক মতাইবীও, তিনথুং মরম হনবীয়ু । য়াইবী পালোই ওইবাবু স্লুংলোন মীরেন মতাইনা, চারা চিনদম খর্কি স্লুংলোন য়াই মচনবী, মীরেন ৭ মকপু স্নুংলোন য়াইদা মতাইএ, শালাইলেনগী য়াথংএ ।

( অসি হায়হুনা খুরুমজগনিএ )

১৩। ● <u>লাইওকপা চবানলোন</u> : নমু তাইবং পানবগী হকচাং মুংলোন য়াইদা থরাই ৫ মিগা থাগা ৬ মীরেনগা থাগা ৭ থোংলোন থোংদাই ৯ শিংলি পাপন ১০৮ গী ঈরমথোং ১৮ ঈশিথোং ৮ বু অইং অশা খাইনা মুংলোন পালোই তাইরক্লবা মতমলেন পাপন ইরিকথোং মতাইবাবু, মুংলোন পাপন ইহৌবা তাওরোই মুংলোন হিকাংবা লাইরো কাংবা হাইনাসু মথংনৈএ, য়াইবী তোংহৈবনা মুং পান তাইহনা ইরম ইথোং তাইনা ইথুং কমলেন পুনখিবা ইহৌএ।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : লাখোক লাতোন নাইবা চংবী ১০ চেংবী মুটথাং ৭, য়াওনা থাবা চবানলোন। নাইদনা খুমন থোংদাই য়ুথকতা তারা চাউন চবাম্না থাবা, চবান চাহুম ৭, লাংহৈনা কোম্থোং রাংমা লাওম্না লাতোন থারম মাইকৈ ওনকৈএ, য়ুথক ওইদা থাবা চবানলোনা লাংহৈ ৭, চেংবী মুটথাং ৩ লশিং ঈরিথোং ৩ লাইজা খিক্লাং তাইনা থাকনিএ।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : ক্তিনসেং লাইসেংলবা মতুংদা অসুম্না লাই- রুহনবী কম্বাল ৩ গী মফমদা মতাইএ মৈ ঈশিং ক্তিনদাইথোং, লাইতাই- থোং মীতাইথোং ক্তিরি পোংনা য়াথোংডৈ, খোইজি খাম্না ইতুংডৈ, ইথোংলেম্না ইতুংডৈ, য়াইবীরেনা য়াহিপডৈ মুংলোন ঈহৌ মতমডৈদা, তবালোই মুংলোন তাইবদি ইচিক খোনবা কম্বাল্লোন, য়াকংলেম্বা মীতা- খোন, সোংলোই ইহৌ মতাইবাবু, নহন মা হিরিফম, হনথা য়ারেন ককচিক হিকলো ইরিক কম্বাল্লোনগী য়াথংএ।

( অসুম হাইজহনা মৈ হৌরগা অবাং ওম্না থৌনিজগনিএ )

১৪। ● <u>চেংকু মখোং খুরুম্বা লাই</u> : হিরৈমা, য়াইরৈমা, থুমনৈমা, ফৌওইবী, ইমোইনু, হিপুনী, চেংলৈমা, য়াইরেনবী ৭ অসিগী মতুংদা চেংফুনৈমা ওইরীবি লাইরেনবী অসিসু য়ুমলাইনি, মহাক্না লৈবদি লৈম- রেন শিদবী ইমাগী ওইদা লৈগনিএ চেংসৌবী, চেংওইবী, চেংফু লৈমসু থংএ, মীওইনা শাজিবু থাগী থাজংদা মৈবী মৈরা মৈথাম্না চৈরাওবা থাজদা থৌকাংএ, মুমিৎ থাবান নাইনা পাংববু থৌথাই ইওম নপাংএ।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : চংবী লাতোন ১, লৈচু লৈনা ৭, হৈখন ৫, লৈখন ৩, লৈঙ্গংলেন পোৎথাং ৫, লৈ পরেং অঙৌবা ১, সেঙ্গোই মচা ১, ঈরোনম্বংগী লৈশানা মঙম পোংদা থনঙানিএ। ক্বায়োনবু মতাইনা পুক্লিং চংনা মতাইএ, অসুম থৌওং পাংফৈএ, থৌওং নাইনা মপাংবা, পুরী পারী থৌঙম্বনা চবানলোগী চেংবী চেংঙাং ১৮, চেংঙৌ চেংবী ১৮ লাইরু হনবা মগাইরেন, হৈথা সুনা মথাইজৈএ, খোইজু লৈথান উচান্না মৈবী মৈরা ইহৌনা পাংবীও।

● <u>লাইতাইরোন</u> : হৈসেংলোনা সেংলবা মতুংদা অসুম্না ক্বায়ল-লোনবু মতাইজৈএ, হা পালেম থৌপুরেনবী, নমু য়ুনথোং চোংসৌপুং পোংদা নমু নবারেন, অয়ান অসি হিলোকপীও, য়াংবী খুদম মওইরে, সৌরেন পুংগী নামৌবা, মুংলোন য়াইনা মতাইনা কোকলেন থোকনা মকোকএ, হিচৌ চাকচৌ য়াইখুবী, তিং তিং হি রি রি য়াইখুরেনবী মগাথংএ।

(অসি য়াবা হাইজত্নুনা থুরুমজগনিএ)

১৫। ● <u>ফমাংদা থুরুম্বা লাই</u> : ফমুংগী মমাংবু ফমাংদা হাইনা থংএ, ফমাংদা লৈবা লাইদি লাইখুরেনহনবা হনবী হাইনা থংএ মাংচোক ফামেন নাইবা ফমাং রাতাইবা, অশি অচংগী লাই ওইএ, খুয়া লুখুম তাইএ, মানা য়ুম লাইনিংথৈ বু তাইএ, লাইনিংথৌনা হোয়াস্ত্রবদি মানসু ঙমদেএ, হোইয়াবা লাইনিংথৌদা মপিবদি পুন্সি তোলোই মওইনা, লোইনবা পালোই লৈসিদেএ, থৌকাংজবা মহৈ ওইফৈএ।

● <u>থৌরমলোনদি</u> : হৈমাই ৩, হৈলুক ৩, পানা ৩, লৈচুয়োন শালাই মওইএ, খোং মরমলে ৭, লাংলম ৩ গী চংজারোন ৯, মৈরা ৫, সেঙ্গা ৫ নি, কবোক খোইত্নুম ৭, চরৈ ৩, লাইকোন লৈশা ৩, লাংহৈ মতোন ৭, খোইজু লৈখম উচান, চরৈ অঙৌবা মচা ১ মাইওন নোংপোক লাইতাইএ, অরাং য়ুমবু মওয়ৈএ পুক্লিং অনি লোংকদেএ।

● লাইতাইরোনদি : হৈসেং নৈসেংলোনা সেংলবা মতুংদা অস্থুম্না খুরুমজগনিএ ফম্বাল লাইরু য়াবানে। মীরেন হাৎফোইন-নফদেএ। ফম্বাং ফমজিং কমতাইবা কমতাইবী, য়াইবী খোংথা নাহুইরোন, মমু খোংচিক মতাইএ, ঈচিরোং ইতাইখোং, খোংতাই লাইজা ইরিকফমএ, চি, কো য়াইনা পালোই হিচিংলোনা ময়াইএ, ই, রি, রি, উং য়ে য়ে শালাই মংদমফারেনখনা মতাইএ, লাইনিংথৌ পোৎসুরেম্বগী য়াথংএ :

( অসি হাইদুনা খুরুমজগনিএ )

১৬। ● নাকথা খুরুম্বা লাই : নাকথাদা পুবা লাইদি মাংচোকলেম্বা মাংচোকরেম্বী হাইনসু খংনৈএ অসিবু খোঙদাইরেম্বীসু কৌএ, মহাকপু খুরুমজবদি ইমুংগী য়ুম্ব্রেম্বা য়ুম্ব্রেম্বী অনীমকনা নারবা মতমদা খুরুমজৈএ, অদুগা য়ুমগী অহল ওইরিবা ওইরীবী অনিনা মমুং মতম চাদনা লৈখিদ্রবা মতমদা, মহাক্না লৈখিদ্রিবা চহি অদুদা ইমুংগী মচা মশু সোক্লবা, লৈখিদ্রিবা চহি অদু য়ৌরক্লবা মতমদা চহি লিংশা হায়না নাকথা পুবা লাইবু খুরুমজৈএ।

● থৌরমলোনদি : থৌরি অহনবা অমনা নাকথা অদুদা খা বাং অনিদা তিংগনিএ, উখোং অমদা হৈরুক ১, পানা ১, ধক্ষিনা ১, মৈরা ধুপ অদুগা অবাং থংবা উখোং অদুদা হৈরুক ১, পানা ১, ধক্ষিনা ১, ধুপ থাউমৈ য়াওগনি, চুরি তাফমদা লাতোন ১, লৈ মচু ৭, শেঙ্গা ১, ধুপ থাউমৈ, হৈরুক ১, পানা ১, মখাগী লাউতাইরোনবু সোন্দুনা খা অমসুং বাংদা তিংলিবা থৌরি অদু লিংকনিএ।

● লাইতাইরোনদি : হৈসেং নৈসেংলবা মতুংদা অস্থুম্না হাইজগনিএ, নাকথারেম্বা নাকথারেম্বী অনিমকপু ফম্বাললেন ৯ তাইবা লাইনিংথৌনা মতাইএ, শারি হোংহৈ মহোংহৈ শারি তাই মতাইহৈ, থৌবীরেম্বনা সুত্তাইএ, শারি লিংসে মরিংসে, শারি হনসে মহনসে, কুমজা কুমহৈ ইরিংলে, লাংহৈ কুমজা মরিংলে, কুমজা খোইরে মখোইরে অশি থোংদাই মথিংলে অচং খোংলোন মফাকলে হায়জদুনা থৌরিদু অদুমক লিংকনিএ, অদুমক হনগনিএ।

( লাইনিংথৌগী য়াথংএ, অসি হায়দুনা পাংগনিএ )

১৭। ● <u>য়ুময়াইদা খুরুম্বা লাই</u> : য়ুমগী কারন য়েংহুনা য়ুময়াই কারন লম পুববু খুরুমজবদি, ইমুংগী অনা অরেক, অমমুং থাশা লাংফম কোকথৈফএ, মাদি য়ুমলাইরেম্বা, য়ুমলাইরেম্বীনি, শাকৈ অপোকপী লাইফমনি। লাইনিংথৌ পীবারেনগী কম্বাল লৈবা মফমনে, মীপুনফম লাইতিনফম ওইবা কারননে, য়ুময়াই কারন পুবা লাইবু পুক্নিং চংনা খুরুমজবনি, য়াইফা খোৎবা ইমুংতুগী অকবা ফল ওইএ।

● <u>থোৗরমলোনদি</u> : চংবী লায়াই লাতোন ৩, চরৈ ফীডৌ খুদৈ ৩, অথেনপোৎ ৩ গী মনা মশিং হৈনাইবা ৩, হৈরুক ১১, পানা ১১, লৈচু লৈখন ৯, সেনচা অচোইবা ৩, লন পুন্সি নিজবনে, মীতৈ থুম্পাক ৩, ফৌদাং ভারি পরেং ১, ভাডৌ ৩, য়াওগনিএ থোইজু লৈখাম, মৈবী মৈরা ১৮, লৈনুংগী পোৎলমলোন ৫, উপান উহৈ ৫, নাহৈ তাইরেন ঈশিং খোংলম ৩ গী চংবী লারাক লাচেৎ থরা। (অতোপ্পা মীদা পোৎশিং অসি পীবা য়াদেএ)।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : অকোকলোনা কোকলবা মতুংদা অমুমনা খুরুমজগনিএ, মোংবা ইকোন নামিরেন, য়ুময়াই কারন পুবনে, পুন্সি থোৗদাং মপুরেন, হৈথা ইছন মতমজে, নোংগী য়াবা খোম্থোক্পা, শালাই নমু নাওতাবাবু, হিথুং য়াইথুং মপিরেন, তোলোই য়াংবা নোংদম্বনা, সনা ইরিক নোংখাইবীএ, মপু নোংদম ইখনলেন, থিকনা চাইনা মতাইবীও, লাইনিংথৌ সোরা য়াংবগী থৌদারেননি, মীসেং, লাইসেং তিনসেং ঈনা কম্বাললোনগী থৌখাইরেননিএ।

( অমুম হাইনহুনা খুরুমজগনিএ )

১৮। ● <u>মাঙোল কামেন্দা খুরুম্বা লাই</u> : কামেন লাইদি অরুবনি, লাইনিংথৌগী ভমথংনি, কামেন কমথোংলেম্বা হাইনম্থ মতাইনৈএ, কামেন কমস্থুবা নমু য়ুমকোইরেম্বা লাইতাই শিংদাইবা হাইনম্থ থংনৈএ, মহাকী লাংঙন লাংদাইরোনদি, থৌপু লাকপা বাতাইবা, খোংজোং লাংহৈ

লমলেনবা। তোলোক কোংখাং হিরোইবা, ফামেন কাজাও য়াবা, পীবা কোকতাইরেনবা চারৈ কীছুপ বাংঙ্বা খনলেনবা হারেনবা অরুবা ফামেন পুবা লাইনে।

● থৌরমলোনদি : লারাক অহুম নোংপোক মাইওন মতমবীও, লৈরাং অঙৌবনা লিকলাং নাই ৩ ওইগনিএ। হৈ মরম অহুমনে, চেংবী ফাহৈ অহুমনা চিলোকনা মথাএ, লৈচু ৩ লৈথম্লে, হৈচু অহুম হৈখননে, শঙ্গোম অনৌবা থরনে, চেংবী চেংপাক য়ুৎলম ৭, ঘী থরা, লফোই মচা ৫ নি, খোইগী খোইহি ময়াওএ, সেনজা ৩ য়াওবীও, মৈরা মৈবী ৫ নি, লাইজা খোংলম ৫ না লাইগী থৌকাং লাইজনিএ।

● লাইতাইরোনদি : হৈসেং লৈসেংলবা মতুংদা য়াবা অসুম্না খুরুমজগনিএ, নোংপো বাংলোই থোংদাইবা, ফামে কাজা লাইহিংলেন সনা ইরিক য়োইহেনবাও, তোলোই মপুং মতাইবীও, তিনয়েং খমনা মখমহনবীও, লাইরেং সুনা মহনবীয়ু। পাসী পারেং ওইফৈএ পুগী পুরেপ য়োৌফৈএ, হৈকৎ লৈকৎ নায়োকথা য়াইবী সুংগী মীরেনবু, সুংলোন য়াইবু মতাইবীএ, শালাইরেনগী য়াথংএ।

( অসি হাইহুনা নোংপোক ওন্না খুরুম্নে )

১৯। ● ইংখোল মতোম্দা খুরুম্বা লাই : ইংখোলগী নোংপোক্তা পুবা লাইদি কোনথোরেম্বা কোনথোরেম্বী কৌএ, অফবা খুদম পীবা অরুবা লাইনে, শাহৌরেনদি সনা অহিংবা মচু ওইএ। মৈখু মৈবুলসু মওইএ, তাইবং মীওইববু লুনা চান্না মতৌএ, তাংজা সু পানবা ওইনসু লাংওন লাংদাই মওইএ, করিগুম্বা হকথেংননা থেংনবা তারবদি হাৎফদেএ, হাৎ-লবাদ মচা মগুদা ফত্তবা ওইএ, পৌনিজবদি ইমুং লন চংএ, লাইচু লাওং লাইতেক ওইদেএ।

● থৌরমলোনদি : চরৈ অঙৌবগী কীরাপ ১, লৈ অঙৌবা পরেং ১ লৈ অঙাংবা পরেং ১, হৈরুক হৈনিং, হৈক্রু, হৈনাইবা ৩, পান্না ১০ অথেনপোৎ ১, ধূপ, মৈবী মৈরা ৫, শেনজোই ৩, শঙ্গোম অনৌবা থরা,

চেং মুথাং ৩, খোইজু লৈথাম, চরৈ অঙৌবা ফী অমা থাও, কোম মচা ১ তৌহনা খোংলম ওগী ঈশিং হৈত্তনা মাইওমা নোংপোক ওমা খুরুমজগনিএ। (লমশিং ইমুংতুনিএ)

● লাইভাইরোন্দি : অকোকলোনা কোরুবা মতুংদা অমুম্মা খুরুমজগনি, নোংপোক সনা য়োইরেম্বাও, মপু লৈরিক ইরিকলেম্বা, কোংথৌ বাংবা বাংবীও, হৈথা নামি বাইতাইনা, তাংজা য়ারেন য়োহেনবা, সনা ইরিক তপোপ্পা, নংবু তাইরে মতাইডে, য়াইফা থৌকাং ইহুম্মা, কম্বাল নোংহৈ মতাইডে, মপান ইরিক নোংদমনা মহৈ লৈরিক মফংডে, কোরৌ থৌদা য়াথংলেননে।

(অসি য়াবা হাইজহনা খুরুমজগনিএ)

২০। ● ফীরান য়ুমফমদা খুরুম্বা লাই : ইংখোলগী থা, অবাং, নোংপোক নোংচুপ ফীরান য়ুমফম তাবদি অবা অনা থৌরম তৌইবা ওইএ, ইংখোলগী কারনবু য়েংহনা ফীরান য়ুমফম অহুদা লাইগী লাইরম থৈজিন্দুনা পমলবদি অফবা ওইএ, লমলেম ওইনা মফম অহু হৈ লৈ থাজিন্দুনা পমবসু হৈফএ, ফীরান ওইবা মফম অহুমক্তা লাইশঙ শাহনা লাইগী ইরাৎ থৌরম তৌজবসু অফবা ওইএ, থৈদোকপদি য়াদেএ, ফীরান য়ুমফমদা লৈবা লাইবু থৌনিজহনা ইরাৎ খোংথাই পাংবাদি পুন্সিএ।

● থৌরমলোনদি : ফীরান অঙৌবা ৪, পুম্বি কোম মচা ১ ফীরান য়ুমফম অহুদা তৌগনিএ, হৈরুক ৪ পাম্না ৪, সেলকুপ মচা ৪, লাই ফিদোন মচা ৪, নুংনাও মচা ১৪, য়ুবী মগুং ১০ ঘী থরা, শঙ্গোম অনৌবা লক্কোই মচা ১, করোক খোইহুম ৭, লালু ৩, চিনি অঙাংবা ১, ধুপ পাওমৈ, উচান, ফী অমুবা মচা ১০ হৈনৌ মনা ৩, চুঙৌ মতাং ৩, খোইজু লৈথাম, ঙাঙৌ মচা ৭, কম্রং লংলম ৭, লিক্কোন অহিংবা ১, সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই, লৈসংখেবাই, লাইফদিবী ১ য়াওগনিএ।

● <u>লাইতাইরোনদি</u> : অকোকলোনা কোক্রবা মতুংদা অস্থমা খুরুমজগনিএ, উঙাংঙৈ, মাঙাংঙৈ, মাস্থঙৈ চিংস্থঙৈ, থৌবু ফম্‌বাল লাংবনা ইংখোল ফিনাই লাংতাইবু মতাইঙৈ, খোস্থোক নামি হেলোইনরবদা লাইনিংথৌ ফমবাল স্থপলেনবনা মতাইঙৈ, হোয়া নৈনা খৌকাংবাও, ফম্বাল মুংলোন ৪ গী য়াথংএ, মপুরেনগী য়াথংদি কোরৌনা থকওইনকদে মালেমনা লৈরোন চংফদেএ।

( অসি হাইহ্না খুরুমজগনি )

● ●


MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
41810
IMPHAL

তাং ২।১০।২০০০

মেরাগী ৫ নি পানবা

নিংথৌকাবা

ফোংলক্লদবা লাইরিকশিং ঃ

১। শাগৈ শালাই অপোকলোন

২। লমিংলোন পাপন

৩। লাইনিংথৌ কয়ারোন

ইথোকচবা ঃ

১। এন. মনিহার (কোংপান খাইদেম লৈকাই)

২। এন. ইরাবোৎ (চীংমৈরোং মনিং লৈকাই)

মমল লুপা ২০/-